# মণিপুর রিছার্চ সোসাইটি

মা শিনবা সিম্পোসিয়মদা পাখিবা চে

## বৈষ্ণব লাইনিং লাকাত্রিবৈঙদা
## মণিপুরী কলচরগী মুঙ্ক্রম খরা


অইবশিংঃ ডাঃ য়ুম্নাম মহেন্দ্র সিংহ
হুঙলেপম শ্যামকহ্নাই সিংহ



পীঃ জীঃ টীঃ কলেজ হোল ইম্ফাল
তাং ২৫ । ৯ । ৯৫ ইং

# বৈষ্ণব লাইনিং লাকপ্রিঙৈদা মণিপুরিশিংগী কলচরগী য়ুম্ফম খরা

অইবশিং : ১। ডাঃ য়ুম্নাম মহেন্দ্র
২। কুণ্ডলেম্নম শ্যামকহ্নাই

চে অসিদা মণিপুরগী নিংথৌ গরিবনিরাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী মমাংদা লৈরম্বা মণিপুরিশিংগী কলচরগী য়ুম্ফম খর মশক তাক্লনবা হোৎনরি। কলচরগী য়ুম্ফম অনিথক থোক্লা নৈনৈঃ অহানবদা অরিবা কলচরগী য়ুম্ফমনি, অতুগা অনিশুবদাময়াইগী হায়বদি অরিবা কলচরগী মতুংদা লাকপা কলচরগী য়ুম্ফমনি।

লম্মিং-তুমিং লোলনা (*Geography*) মীওইবগী কলচরদা অথোইবা ঈথিল পি। (*1*) মরম অসিদগী মণিপুরিশিংগী কলচর নৈনরকপা মতমদা মণিপুরগী লম্মিং তুমিংলোনগী মরমদা চাওরাক্লা পন্দবা য়াদে।

মণিপুরদি হীমালয় চীংশাংগী থারোমদা শন্দোক্লকপা মশা মরেংনা কে ইশিনবা লমনি। মণিপুর অসি লম্মিং তুমিংকী মাইকৈদদি অনি থোক্লা থাইদোকই : শরুক অমনা চীংশিংনি, অমনা চীংশিংনা মাইকৈ মরিদা কোইশিল্লিবা তম্পাকনি।

ওল্লিবৈগী মতমদা তম্পাক অসি ঈশিংগী মখাদা লৈরমই। লৈপাকলোল নৈনরোইশিংগী মতুংদা *R.D. Oldham* (*2*)অমদি *Godwin Austen* না (*3*) তম্পাক অসি ঈশিংগী মখাদা লৈরমই হায়বগী মতম পল্লি। *Godwin Austen* না তম্পাক অসিগী শরুকমদি *China* গী *Yunan Province* গা য়াম্না মান্নবা মওং লৈ হায়রি। মণিপুরগী তম্পাক অসিদগী ঈশিং চীংথোকপগী মরমদা মীথোলোজিদসু পল্লি।

তম্পাকী লমদমদা পাং মশীং য়াম্না লৈরম্লিবা অসিনম্ তম্পাক অসি ঈশিং মথাদা লৈরমই হায়বা য়াকম অসিবু মকম চেংশিন্নহল্লি। তম্পাক্না অঙনবা মতমদা ঈশিংগী মথাদা লৈরম্বনা, তম্পাক্না অঙনবা মতম্মদা মী তারমদে; অঙনবা মতমদ। মণিপুরদা মী তারম্বদি মশানা তানা তম্পাকপু কোইশিল্লিবা চীংশাংশিং, অমদি চীংখোং চীংয়াদনি, মতাংশিদা পনবা য়াবদি চেংলৈরোনগী য়াহৈদা "লৈকু য়ুম ওইনা লৈয়াই শংশান্না" হায়না পল্লি। (4) মণিপুরগী চীংদা থুন্দারকপগী য়াকম পাইখৎলকপদা তম্পাকী অকোইবদা লৈরিবা চীশাংশিংদা লৈবা মী কুরুপকী শকম নৈনবা তঙাই ফদে। ভারতকী মীশিংগী হৌরকফমগী য়ুম্ফমদি মরু ওইবা কাংলুপ তরুকনি হায়বা *B.S, Guha* গী য়াফম অদু *S.K. Chatterji* না *Kirata - Jana - Krti* দা মথাগী অসুম্না উংলি :— *(5)*

1. *The Negrito.*
2. *The Proto Australoid.*
3. *The Mongoiloid, Consisting of—*
   (*i*) *The Palaco-Mongoiloid of*
      (*a*) *the long - headed, and*
      (*b*) *the broad headed type.*
   (*ii*) *The Tibeto - Mongoloids.*
4. *The Maditerranean comprising-*
   (*i*) *The Malaco - Mediterranean*
   (*ii*) *The Mediterranean, and*
   (*iii*) *The So-Called' Oriental types.*
5. *The western Brachy-cephals, consisting of*
   (*i*) *The Alpinoid.*
   (*ii*) *The Dinaric and*
   (*iii*) *The Armenoid.*
6. *The Nordic.*

মথক্তা পিরিবা কাংলুপকী মঙ্গুংদা ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমদা লাকখিবদি মরুওইনা *Mongoiloid* কী কাংলুপনি। হায়রিবা কাংলুপ অসিগী নোংপোক্কী চীংশাংশিং, অমদি চীংশাংশিংনা কোই-শিনবা লমদমশিংদা মমিং তোঙান ভোঙান থোন্দুনা চীংমী ওইনা খুন্দাহুনা লৈরি।

চীংমীশিং অসিনা চিনাদগী থুংলহুনা চীংশাংশি অসিদা খুন্দাখিবা চহি ১৫০ *A.D.* (চামা য়াম্খৈ) নি হায়না নাগাগী পন্দিত *Panger Imchen* গী *Ancient Ao Naga Religion and Culture* দা হায়রি। (*6*) চিনাগী খা - নোংচুপ থংবা মাইকৈদগী ফুরুপ কয়ামরুমখু চাওখৎতবা কাংবুনি হায়হুনা চিনাশিংনা তাম্হোক্লকপগী রাফমশিং চিনাগী *History* দা ময়েক শেংনা য়াওরি। মণিপুরগী চীংশাংশিং অসিসু অরাং নোংপোক ভারতকী চিংলোনগী মঙ্গুং চল্লি অহুগা মণিপুরগী চীংশাংশিংদা মৈতৈশিংনা খুন্দারম্বগী রাফম কয়ামরুম মৈতৈ পুয়া-শিংদা য়াওরি। খুদম ওইনা অঙোম খুম্হাক লোন্দা উখ্রুলগী কওখুই শুরুংদগী মচিন মনাও অনি থোরক্লুনা মণিপুরগী তম্পাক্তা খুন্দারকপা পনবা য়াই। মৈতৈ পুয়াশিংদা পনবদা নত্তনা চীংমিশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংদসু চীংমীগা তম্মীশিংগগী হৌরকফম অমতনি হায়বগী রাফম লৈরি। *J. H. Hutton*না মহাক্কী *The Angami Naga* দা (*7*) মণিপুরগী তম্মীগা চীংমীশিংগা হৌরকফম অমত্তনি হায়বগী রাফম পল্লি। মতাং অসিদা পঙনিংবদি মণিপুরগী তম্মীশিংনা চীংমীশিংবু 'হাও' হায়বা রাহৈ অসিমক্তি *Ao* শিংনা চীংমীবু *'Ho'* হায়না কৌই। রাহৈ অসিনি হায়না লৌজে। *China* দসু অরাংবা লমদা লৈবা মীবু হাও কৌই অহুগা মৈতৈনা অঙনবা মতমদা চীংদা তারম্বনিনা মৈতৈসু হাও অরিবনি হায়না হায়জনিংই।

মতাং অসিদা পল্লিংবদি হৌজিক্কী মৈতৈ হায়নসু খঙনবা মণিপুরি জাতি অসি মীওই কাংলুপ কয়ানা শেমগৎখিবনি হায়বসি অরিবা লাইরিক-শিংদগী খংই। খুদম খরদং পল্লবদা "তৈমানা মৈতৈ মানবী প্োকয়ো

পাম্বোম্‌ মচানে। য়াংমানা ময়াং পোকএ খুকলু মচানে। তেসারোংনা তখেন পোকএ। ফৈকন মচানে। উরেল থুপানা কুম্বু পথাল পোকএ। থীপোঙপী মচানে। উরেল হনপানা মোইরাং থোকচোম পোকএ। থাপ্নাক মচানে। থাপীনা খাকিকা চাইরেলকা অনিমক পোকএ। শিংখা মচানে। লংপান মোইরাংগা লাংতে কা অনিমক পোকএ খুবোম মচানে। সালাই মাপন চুক অসিগী লাইনিং লমচংতি নাকোং অনি সুদে। লৈপাক ময়া তপয়ে। (8) অতোপ্পা তাঙ্কক অমদা " সাগৈ অয়াম্বা তিন্নরে। নোংপালকি মচানিপা অহলদি পামিংনাপাদি লুরাং ওইএ। অতোলবদি থংকাল কৌএ। পামিংনপাদি লুরাং কৌএ। অতোলবদি হাও ওইখিএ সরাংগী মচা অহলদি লৈসাং কৌএ। অতোলবদি সোংপু কৌএ। লৈসাংনা লৈসাং ওইএ। অতোলবনা সোংপু হাও ওইখিএ। ঙানপাগী মচাদি মঙাং কৌএ। খুমলগী মচা অহলদি কৌপু কৌএ। অতোলবদি তাংখুল হাও ওইখিএ।" (9)কলচর কী মাইকৈদগী য়েংলুরবস্মু তম্মীশিংনা অঙনবা মতনদা চীংমীশিংগী কলচর চংলম্বগী রাফম মৈতৈ পুয়াশিংদা ময়াং কায়না পুল্লি। **W. C. Smith** না মহাক্কী **The Ao Naga Tribes of Assam** দা অসুন্না হায়রি মতুদি **Sub Himalayan** গী লমদা লৈরিবা **Akkas, Daphlas, Miris, Abors, Mishimis, Singphos, Indo-burmese district** তা লৈরিবা **Garos, Mikirs, Lushai, Manipuris, Nagas, Kachins, Chins,** ১দি অতোপ্পা **Tribes** শিং অতুপ্পা **Yunan Province**তা লৈরিবা **Lolos, Miasos** অমদি অতোপ্পা অপিকপা কাংলুপশিং অসি শকওং শাদাদা অসুক্কী মতিক মান্নে মতুদি মখোয় পুম্নমক অসি ঈ ফুরুপ অমগী কাংলুপশিংনি। (10) ঈ-ফুরুপ অমত্তগী কাংলুপশিং অসি মখোয়গী য়ুমথংনবশিংগা খেন্নবশিংগা খেন্নহল্লীবা কলচর গী শকতমশিং অদু মথাদা পিরি:—

(1) head hunting; (2) Common sleeping houses for the unmarried men (3) dwelling houses built on posts or piles (4) disposal of dead or raised platforms, (5) a sot of trial marriage, or great freedom of intercourse betwen the sexes

before marriage; (6) betel-chewing (7) aversion to milk as an article of diet (8) tattooing by pricking; (9) abscence of any powerful political organisation (10) the double-cylinder vertical forge; (11) the simple loom for weaving cloth (12) a large quandrangular or hexagonal head. (13) residence in hilly regions and a crude form of agriculture (১০) পুম্নাদা "head hunting" "কালু" গী রাক্সম অসি মরাং কাইনা য়াওই । অদুগা মথক্তা পিরিবা নাংকী শক্তমশিং অসি তম্মীশিংনা চীংদা লৈরিডৈদদি অয়াম্বা চৎফম থোকই । তম্মীশিংনা চীংদা খুন্দারিডৈবা মখোয়গী 'নাং' তি "খুমুঙনি" অদুনা অঙনবা মতমদা চীংদদি civilisation লৈতে হায়বা রাফম অসি পুম্নমক্না য়ান্নরবা রাফমনি। মণিপুরিগী civilisation দি তমদগী হৌগদবনি। অদুনা মণিপুরিগী civilisation অঙনবা ওইবা য়ারোইদৌরি। Morgan গী "Ancient Soceity" (*11*) অমদি *Engels* গী *Origin of Family* (*12*) দা ময়েক ইব হৌবদগী *civilisation* হৌগনি হায়রি। চীংদগী তম্মীশিংনা তম্ফাক্তা খুন্দাগ্রিডৈদ তম্মীশিংনা চীংগা তম্পাক্তা তাইনফম, লোইয়ালমদা লৈরমই।

মমৈথংদা তম্পাক্তা খুন্দাখি। (13) চীং অমদি চীংগী লোইয়ালমদা লৈরিডৈগী মতম অমদি তম্পাক্তী মফম খরদা মী তাররা ফাওবদা অনৌবা কলচর গী য়ুমফম অমা থুংলন্ত্রিবা ফাওবদা হান্নগী চীংগী কলচর অদুম্মক মণিপুরিশিংনা চত্তুনা লৈরমই ।

ঐখোয়না থিজিনবগী মতুংইন্না রুংলে মহুদি হৌজিকী তম্মীশিংনা অঙনবা মতমদা চীংদগী কুমথরক্কুনা লোইয়ালমদা লৈরিডৈগী মতমদা ইহান-হান্না অচৌবা কলচর কী ঈথিল অমা থেংনখি । কলচর অসি মালেমগী অচৌবা কলচর অমনি । মণিপুরগী মপান্দুগী লাকপনি । মসিংনা বৌদ্ধ লাইনিং কৈজুই । মণিপুরদা লাক্লিব 'Buddhism' অসি হান্নগী "হীনায়ান" নত্তে। অকোনবগী "মহায়ান" নি। "মহায়ান" না মণিপুর ফাওভুনা চৎখিবা রাফমগী মতাংদা মখাগী অমুম্না ইরিং

"সাধারন ওইনা হায়নবদি বৌদ্ধ লাইনিং অসি ইহান হান্না বর্ম্মাদা লিংখৎখি...... বর্ম্মাগী কোন্নুংদি মতম অমুদা পাগান দা ওইরম্মী। মতম অমুদা সমুদ্র্ মপান্দা লৈবা প্রোমদা মী খরদি জহাজনা লাকলমই হায়না থাজনৈ, অমুগা অতোপ্পা খরনা অরাং থংবা বর্ম্মদা লাকখি। অরাং থংবা বর্ম্মদা লাকখিবা অসিদি মণিপুর ফাওহুনা লাকখি। লাকখিবা মীশিং অসিদি মহায়ান চৎপা মীওই ওাক্কনি। মখোয়দি কনিষ্কাগী মতমদা পঞ্জাবকি জলনধারা দা ফমখিবা বৌদ্ধ লাইনিংগী মীফমদা য়াম্নখিবা নিয়মশিং চৎপা মীওই ওাক্কনি"। (১৪)

মতাং অসিদা পানবা য়াবদি শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্মানা মহাক্কী "পাখংবা" দা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মরমদা ইরম্ব অসিনি।

"...... মণিপুরদা জৈন ধর্ম্মনা চংবা ঙমখিদে। বুদ্ধদেবগী ধর্ম্মদি মৈতৈগী ধর্ম্মগা য়াম্না নিংথিনা ত্তিন্নখি (15) বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারত্তা মুত্তে হায়বগী মতাংদা প্বাণ্ডিত রাজ শর্ম্মনা অস্সুম্না ইরি " ভারতত্তা বৌদ্ধ লৈতরে হায়না পাওথোং সিল্লবনি। হুজিক ভারত পুম্বা অসি বৌদ্ধ ওাক্কনি। ...... মণিপুর অসিদসু অমু মঙাই। অরাংদা ইঙৌরোক চীংদা মকোক্তা জটাপুবা মীৎ উইশিনবা, মথুক্তা মালা প্বাইবা, লেপ্পুনা লৈবা ভগবান শাক্যসিংবু মহাদেব কৌহুনা ইরাংঙমই।

মোনহুমগী মহাদেববু ধ্যাননিষ্ঠ সিদ্ধার্থগী মূর্ত্তি উই। (16) ভারত্তা অমদি মনিপুরদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মরা চেৎনা তাহুনা লৈ হায়বগী মতাংদা পণ্ডিত রাজ শর্ম্মনা মখা তানা ইদি।

"মৈদিঙু ক্যাম্বা স্না হাকথক্তুগী নয়ু নিংথৌরোন থূদিংদা মৈনা রাই তাংনা শম লাৎলকপা শ্রীবিষ্ণুগী শ্রী মূর্ত্তিনা পাম্বোম মরি পাল্লে, শঙ্খ চক্র, গদা, পদ্ম পাইরে, গরুড় তোংই, অমুগা শ্রীমুখদি ভগবান বুদ্ধদেব ওইরমই। মীৎ উঙসিনদি, জটা পুই, ভাগ্যচন্দ্র জয় সিংহ নিংথৌরেনগী লাইনিং চরৈনা পুন্দুনা নন্দগী মচা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগোবিন্দ কৌবা মাগী কোন্নোয় পুহুনা মণিপুর সনা লৈমরোনদা

ঙানথোইবীয়ে, ইবুঙ্গোগী কোক্তুদি ভগবান বুদ্ধ দেবগী জটাবু থোন-বিরকই। চোইনৌ মনা কোনশুম্বী ব্‌রুকভানু নিংথৌগী মচানুপী, শ্রীরাধিকা শকহেনবী ইবেমনা রাসেশ্বরী কোলোয়পুদুনা শ্রীগোবিন্দগী ওইথংবা নাক্তা রাস জগোই খুৎথেক তৌদুনা মৈতৈ মনা লৈপাক্কা ঙানথোইবিরি ইবেমনা কোক্তা বুদ্ধগী জটাবুদি পুশিরি মতম অমিদা মণিপুরগী রাসনা মকোক্তা বুদ্ধ জটা পুরদুনা বিশ্বজগতা ঙানথোইরি। মণিপুরগী মন্দির খুদিংদা ঙানথোইরিবা শ্রীবিগ্রহ পুম্বা বুদ্ধ জটা পুবা ঙাক্তনি। মাশূম তৌদুনা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারততা মরা চেৎনা তাদুনা লৈ। অতৈদি লাইরদুনা সগোলবন্দা শ্রীবিজয় গোবিন্দ হুলঙ্কারদা ব্রজমাই শাবিনী হাইদুনা মকোকতা বুদ্ধ জটা পুদুনা থোরকই।"
(17) শ্রীশর্ম্মনা মথা তানা হায়রি মদুদি "বৌদ্ধনা পাল্লিবৈদা ভারততা ব্রাহ্মন্য ধর্ম্মনা মঙান লৈরমদরে, মতম অদুদা মৈতৈগী অরিবা ধর্ম্মদি বৌদ্ধগা তিনমিন্নদুনা অদুম্বক লৈ। মৈতৈগী ধর্ম্ম মশক য়েংবিরিংবা-সিংনা মতাং অসি নিংসংগদবনি।" (18)

মতেং লৌবা লাইরিকশিং (*References*) :—


1) *Semple ( E. Ch ) : Influences of Geographic Environment, on the basis of Ratzels system of Anthropo Geography. P. 204.*

2) *Oldham (R.D) : Memoirs of G.S.I. 1883, Vol. XIX. pt. 4.*

3) *Godwin Austen : Journal of Asiatic Soceity Bengal. Pt. 11. No. 111, 1875. p. 209 — 213.*

4) মনাও য়াইমা ( নোং : ) : চেংলৈরোন, লমায় ২

5) *Chatterji ( S. K ) : Kirata - Jana - Kriti — p. 6*

6) *Panger Imcen : Ancient Ao Naga Religion of Culture, p. 15*

7) *Hutton (J. H) : The Angami Naga p. 7.*

8) অমুবা (ইয়োম : নৈহৌ মাঙৈকমশোন লমায় ৭

9) „ „ *ibid* „ লমায় — ৯

10) *Smith (W.C) : The Ao-Na-Tribes of Assam p.120*

11) *Morgan (L H) Ancient Society. p. 11* — 12.

12) *Engels (F) : Origin of Family, Property & State* p.24

13) *Mc. Culloch: An account of the valley of Manipur P,*

14) *Hasting. : Encyclopaedia of Religion* and *Ethics*. Vol. *(iii)*, p. 31.

15) অতোম্বাপু শর্ম্মা : পাখংবা লং: ৯০

16) *ibid* লং: ৯৭

17) *ibid* লং: ৯৮

18) *ibid* লং: ৯৯

এসঃ আরঃ প্রিন্টিং ইন্দাস্ট্রি, পাউনা বাজার ইম্ফাল

অনিশুবা শরুক

# শ্রীঅতোম্বাপু শর্মাগী পাওতাক মতুং ইন্না মনিপুরি লাইনিংদা বৌদ্ধ লাইনিংনা করম লৈরিবগে হায়বা অদু য়েংবা তারেঃ

মনিপুরি লাইনিংদা 'অতিংকোক' অথোইবা লাইনি; ইতিঙ-তিংই, ইকোক কোকই হায়দুনা অতিংকোক কৌই। বৌদ্ধ লাইনিংগী লৈসেম-নোংসেমলোন্দা ইকোক কোকপা ইহাঙ হাঙবা সুন্যগী রাফম লৈ। সুন্যরাটাগী রাফমনি, মহাক্তি আডি বুদ্ধনি। অতিংকোক অমদি আডি বুদ্ধগী পোৎ-চংশিং অমত্তুনি। লৈথক লৈখারোন পুয়াগী রাহৈদা 'সুন্য মহাক্তি অতিং-কোকী ফর্মানে, (19) সুন্য কৌবদি মশক লৈতে নিংদনসু য়ৌদেঃ তাইবংপানবা মপু সুন্যগী মশক ওইরিবা অহুদি খোঞ্জেল চান্না নিপালনা য়োমনা লৈএ।' (20) মহাক্তি খ্বাইদগী অরাংবা লাইনি, মহাকপু শাবদি Ether নি। (21) মহাক্তি মতোমতা পোকচরকপনি, পুম্নমকী মপুনি, পোৎ পুম্নমক মতোন্দগী থোরকপনি। (22) লাইশিং রাক্ষস, য়াক্ষস ১সুং হারাবা নচিংবা কয়ানা মাবু নিংজৈ। (23) মহাক্তি স্বায়মভু পুরানগী মতুং ইন্না স্বায়মভু ওইনসু খংনৈ অমসুং মতোমতা হিংজৈ। মহাকপু তাইবং প্পানবা অসিবু শেপ্বী শাথিবা ওইনসু খংনৈ। (24)

আডি বুদ্ধবু তোঙান তোঙানবা লৈপাক্তা মমিং তোঙান তোঙান থোল্লি। চিনাদনা *Pen-Chu-fo* নি, তিবেটতা *Thong-Mahi-Sans Rgyas, Dan-Mahi-Sans-Rgyas, Mchog-Gi-Dan-Rgyas* হায়না গসু খংনৈ। (25) নেপালগী বৌদ্ধ লাইনিং চৎপশিংনা আডি বুদ্ধবু মৈরি ওইনা ফোংদোক্লুনা লাংলি। (26) মণিপুরদনা অল্রোদা চকপানা লাং-লিবা মৈ অসি অতিংকোককী মৈনি। চকপনা মণিপুরদা লাকত্রিভৈদা

বর্ম্মাদা লৈরমই; মফম অদুদা বৌদ্ধ লাইনিং লৌরমই। চকপা হায়বা রাহৈ অসি চিনা লোল নি। ইউরোপকী স্কোলারশিংনা 'চক' হায়দমক ই। মনিপুরগী অরিবা 'খারম' ফুরুপ কাংবুস্থ চকপগুম্না মুৎহন্দনা মৈ হৌজিক ফাউবা লাৎলি।

চিনা লৈবাক্কী য়ুনান প্রোভিনসকী অরাংদা নিঙলাং য়ি খুনগং কৌবা লুগু পাৎকী য়াইদা তাবা বৌদ্ধ লাইনিং চৎপা মুসো জাতিস্থ মৈ লাৎলি। (27) মনিপুরিশিংস্থ য়ুমজাওকা ময়াইদা ফুঙ্গা লাইরুগী মফম কৌদুনা মৈ হৌদুনা অতিংকোকপু ইরাৎ থৌনিদুনা খুরুমনরি। মথক্তা উৎলিবা রাফমশিংনা শেংনা তাকলে মদুদি অতিংকোকক আডি বুদ্ধগা অমত্তনি।

অমরোমদা অমুক বৌদ্ধ লাইনিংগী মতুং ইন্না লোয়নবী শক্তি অমা আডি বুদ্ধগী লৈ। মহাক্কী মমিংনা আডি প্রজ্ঞনা (*Adi-Prajna*) কৌই। মহাক্তি ঈশিংগী মশক ওইদুনা জগৎ পুম্নমক অসিদা শিন্থ্ংনা তাউদুনা লৈরি। (28) মসিগা চপ মান্ননা অতিংকোক্কী লোয়নবী তাওপী-রোইনাইনি। তাওপীরোইনাইগী রাহস্থোক্তি অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি তাওপী-তাওরিপী, রোইনাই-লোইবা নাইদবা;শিনবা থুংনা। মহাক্তি লৈম-রেল সিদবীনি। ঙসি ফাউবা মনিপুরিশিংনা ঈশিংগী মশক ওইরবা তাওপী রোইনাঈবু ঈমা লৈমরেল সিদবী কৌদুনা ইসাইকুদা হাপ্তুনা য়ুমজাউগী ময়ায় কাগী অরাংথংবদা অতিংকোকক্কী ওঈথংবদা খুভম থমদুনা লাৎলি। আডি বুদ্ধগা প্রজ্ঞনগা তিন্নদুনা পুম্নমক্কী মপা অমদি মমা ওইরি। মতাং-সিদা লৈথক লৈখারোল পুয়ানা অতিংকোক কা তাওপীলোইনাই গা অনিমক্কা তিন্নবগী মমিংদি 'হুম সংপুলেন চিরিৎথিকথবা" কৌই। মসিদগী মুপা মুপী পোকপা হৌথি। বৌদ্ধ লাইনিংগী মতুং ইন্না মুপী ওইবী পুম্নমক অসি আডি প্রজ্ঞনাগী শায়োন ঙাক্তনি। পুয়াগী মতুং ইন্না অতিংকোক্না য়েল্লগা তাওরোইনাইনা পোক্তুনা শাগৈ শল্লাঈ শন্দোকঈ। মসিগী মতাংদা লৈথক লৈখারোলদা ইরি (29) :—

# হৌচিকতি হূইরোল্ল থায়থৎলককে ঃ

আউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা । লয়কক লম্নয়ারেন চম্নুনা পোকপা কোনচিন তুথোকপানা য়েনপা । লয়তংলেন চম্নুনা পোকপা লয়সঙলেননা য়েনপা । লয়ফুরেন চম্নুনা পোকপা লয়তোংলেননা য়েনপা । কোনফু লয়ফু চম্নুনা পোকপা লয়তংলেন লিনতাং সাংপানা য়েনপা । লাইয়েক লাইখোৎ চম্নুনা পোকপা কোনসৌরেননা য়েনপা । লয়ন্নুং য়াপি য়াখু চম্নুনা পোকপা সেনএংনা য়েনপা । লাইশ্রানা পোকপা প্যাখংপানা য়েনপা খুই পোকয়ে । (নিংথেমচা)

লাইয়েক লাইখোৎ চম্নুনা পোকপা কোনসৌরেননা য়েনপা থাকপা নিংথৌ চম্নুনা পোকপা কুপত্রেংনা য়েনপা পুরৈরোমপা পোকয়ে । (অঙোম)

তাউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা য়াইরৈমানা পোকপা অসংপানা য়েনপা । লাংকাপপ্নিনা পোকপা চাউরা মপাল থাপানা য়েনপা । থোইন্নুনা পোকপা চকমারিংপানা য়েনপা । লিরি লৈমানা পোকপা থোকমারিংপ্যানা য়েনপা । মুংমারিং পানা য়েনপা খুম খুম নিংথৌ পোকয়ে ।

তাউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা লয়ন্নুং হীকাপপীনা পোকপা অরংপানা য়েনপা । নচিপ্নিনা পোকপা তুমাহাপানা য়েনপা । লয়ফুরেন চম্নুনা পোকপা কুরুমলেন মৈনাইতাপানা য়েনপা য়ুচেং পোকয়ে । (চেংলৈ শরাং লৈশাংথেম)

তাউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা হীরৈমানা পোকপা অরংপানা য়েনপা । মাঙরাইপীনা পোকপা তাউমারিংপানা য়েনপা । মাহুমন্নুনা পোকপা লৈসাতাউনা য়েনপা । হাইন্নুরৈমানা পোকপা কনতৌনা য়েনপা । লন্নপিরেন চম্নুনা পোকপা তরং থোইন্নুচানা য়েনপা তৌরেন থাপা পোকয়ে । (মোইরাং)

তাউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা য়াইরৈমানা পোকপা অতোংপানা য়েনপা । তুংরাইপীনা পোকপা পামারিংপানা

য়েনপা। মরৈন্নুনা পোকপা লোইথোক্তাউনা য়েনপা। শিশিনন্নুনা পোকপা তুমাঙাংপানা য়েনপা। লয়চীক নিংথৌ চন্নুনা পোকপা কুরুমলেন মৈনাইপানা য়েনপা ঙানপা লয়চীক চীকলিপ্পা পোকয়ে। (ঙানবা)

ভাউপীরোইনাইনা পোকপা অতিংকোকনা য়েনপা য়াইকুপীনা পোকপা অসীপানা য়েনপা। লৈফোন ঙমপীনা পোকপা অঙাইপ্পানা য়েনপা। খেরে তোংপুম চন্নুনা পোকপা অকুপপানা য়েনপা। চিনফুরোল লয়চীক-ঙানপী চন্নুনা পোকপা নোংয়াই চারী ওনপানা য়েনপ্পা। প্রিয়াইন্নুনা পোকপা নোংতম খুপানা পোইরৈতোন পোকয়ে। (খুমল শলাই)

প্রিয়াইন্নুনা পোকপা নোংতম খুপানা য়েনপা লৈনাউ তাপিনা পোকপা পোইরৈতোননা য়েনপা। সনথোং পুনেমপ্পা চন্নুনা পোকপা সিংতাপুংনা য়েনপ্পা অরোংবা পামিংকা ২মা পোকয়ে।

চিনফুরোন লাইতোংলেন চিনখুপীনা পোকপা অরোংকা য়েনপ্পা লুংপা পোকয়ে।

কৌপরোল নামোইন্নুনা পোকপা পামিংনা য়েনপা লুরাং খুনথিপা পোকয়ে। (লুরাং)

# আডি বুদ্ধগী ইতিহাস

আডি বুদ্ধগী রান্নুংফোং (*theory*) হৌরকপসি তন্নাগুবা খৃষ্টগী চহি চাদগী নালান্দা য়োনাস্ত্রিদগীনি, নলান্দদি তান্ত্রিক বৌদ্ধ লাইনিংগী মরু-ওইবা মফমনি। ব্রজয়ান কাংবুগী মশা অমা ওইরিবা কালচক্রায়ান কাংবুনসু মসিগী রান্নুংফোং (*theory*) অসি ইহান হান্না লৌখি। আডি বুদ্ধদা কংথোকপা অথোইবা তান্ত্রদি কালচক্রাতান্ত্রনি। কালচক্রাতান্ত্রদি মফম অসিদগী মশ না তানা ১০শুবা শতাব্দীগী পোৎথোকনি। কালাচক্রগী জোঙান তোঙানবা রাহহোক লৈ। *L. A. Waddel* গী মতুং ইন্না (30) ১০ শুবা শতাব্দিবা অরাং ভারত, কাশ্মীর অমসুং নেপালদা তান্ত্রিক কী

শরুক্কী য়াওল লাকখি; য়াওল অসিদা কালচক্রদা অকি-তুজুংবগী মশক ওইবা হিংচা য়াইতম্বগী অমদি হিংচা য়াইতম্বগী ওইবা বুদ্ধশিংগী শকওংশিং লৈরে। কালচক্রগী রাহনথোকতি কাল—মতম—অসিবা—মাংহন তাকহনবনি। কালচক্রদি মাংহনবগী খোংচৎনি। অদুনা কালচক্রয়ান হায়রগদি মাংহনবগী খোংথাং অদুদগী ঙাকথোক্কবা লম্বীনি। (31) মণিপুরদা পাফল ৩৬৪ ফংই (32) পাফল অমনা নোংমগী মশক উৎলি। নোংমগী পাফল অসি থেংনবদা তৌগদবা ইরাৎ থৌনি লৈ। কালচক্র অসিমক্তি বৌদ্ধ লাইনিংগী খ্বাইদগী অথেংবা লাইনিংনি।

মণিপুর ফাওজুনা মথক থংবা বর্ম্মদা খৃস্টগী ১৫ শুবা শতাব্দিদা কালচক্র লাইনিং অসি য়োখি। খৃষ্টগী ১৪৪২ গী পাগানগী অহকপা লুওদা কালচক্রগী লাইরিক অনিগী মরমদা ই। (33) তোঙান তোঙানবা মওংদা রাহন্তোক পিরবস্তু পন্দিৎ পুন্নমকনা য়াম্নৈ মহুদি কালচক্রদি আডি বুদ্ধনি। ভৌবতদি আডি বুদ্ধদি মৈরি ওইনা লাৎপনা অহানবা থাকনি, অদুগা সা-ঙাগী মশক কৌবানচিংবা অসিদি ইকোন কোনবগী কালচক্রগী শকমনি।

মথক্তা পীরিবা অতিংকোক হায়বদি আডি বুদ্ধগী রাকমশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা এখোয়না লৌই মহুদি মণিপুরদা অতিংকোককী লাইনিং অসি ১০শুবা শতাব্দীগী মতুংদা লাকখি হায়বা রাকম অসি য়েৎননিংঙাই ওইদে।

মতেং লৌবা লাইরিকশিং (*References*) :—


19. ভাগ্য (য়েংখোম) : লৈথক লৈখারোন, লামায়—৬

20. ,; ibid ,, ,, লমায়—১২৭

21. Gordon (A.K.): Iconography of Tibetan Lamaism. p-31

22. ,. ibid ,, ,' p-49

23. Sastri (H.P) : Vrhat Sayambhu Puran p.21
24. „ ibid „ „ p-119
25, Bunce (FW) : An Encyclopaedia of Buddhist Deities, Demigods, God Lings etc. Vol. I 1994
26. Bhattacharya (B) : The Indian Buddhist Iconography 1924 p.43
27. The China today Vol. XLIV, no. 3, March 1995. p. 11 (Pic, p. 4)
28, Dharmakosa Sangraha (Ms.), *A,S.B. No.8055 P. 5*
29, লৈথক লৈখারোল (Ms.) লমায় ৮৩-৮৫
30, Waddel (*L*·A) : *B*uddhism to *T*ibetan Lamaism. p.15
31. Sartri (H.P); : his introduction to Mordern *B*uddhism its followers in Orrisa, *By- N. N. Vasu*
32. থুঙ্গদা লৈবা
33. Ray (*NR*) : *S*anskrit *B*uddhism in *B*urma p 38

—:( *O* ):—

# সনামহী

লাইয়িংথৌ সনামহি : মণিপুরি লাইনিংগী অথোইবা লাই অমদি সনামহিনি। মণিপুরি য়ুমথোং খুদিংদা লাৎপা লাইনি। নিংথৌগী কোনুংদসু লাৎপা লাইনি। লাইয়িংথৌ অসিবু শৈথাবদা অসুম্না ইরি 'হে খোইমোম লাইয়িংথৌ সম্বোং নিংথৌ অপানবা, নচুবু মৈগী মচু ওইবা; নমিংদি তরেৎ থোনবদগী; অনি লৌথোক্লুনা মঙা থোনবা, মঙাদগী য়াম্মনলে হায়ত্তুনা অহুম থোনবা, অহুমসু য়াম্মল্লে হায়হুনা অনি থোনবা, অহুমসু য়াম্মল্লে হায়তুনা অমা থোনবা, নমিং 'ৱ' কৌবা।' (34) সনামহিবু মশানা মশক তাকচবদা "ঐদি অৱাং ফাৎলৌ লৈমথোম্বা. য়োইবু সনামহি কৌবা তাইবং লোন্দিন্নবা লাইদি ঐনে" ফোংদোকই। (35) লৈথক লৈখারোন পুয়াগী মতুং ইন্না অসিবা কৌবা লাইগা সনামহিগা অমত্তনি। পুয়া অসিনা 'লাইরেন লোন' হায়বা রাহৈসিগী কাংলুপ মঙাথোক্ল খাইদোকই : কে) তিল্লিলেনঃ (খ) লাইখ্রিরেন (গ) থাইয়িরেন (ঘ) লিন তাউরেন (ঙ) তাওরোইনাই। মখোই মঙামক পীনাইদে (*Parentless*)। (36) অসিবা দি তিল্লিলেননি হায়বা মশক তাকপদা অসুমনা ফোংদোকই "ঐগী ইমদি চক ময়ুংনা কোন খাইএ। লাইরেন অঙৌপনা থোঙ থিংনৈ। ইমিংদি সনা কোনসোরেন কোএ। চৌংরেন লাংলেনপসু কৌএ। ইচুদি মৈনে। ইয়াত্তা সনা হাচন য়ৈবনে। ইনমতি থম্বাল নমপানে। ঈথুৎ য়েৎনা সনা না সুপানে।ওয়না লুপা থাখল পায়পানে। থককী লাইপু থাখন ওইনৈয়ে। থাকী লাইপু সনা তাংপন ওইনৈএ। অমমপা অসিতনি ইতোমতনে। তীন নামুংপাপু কোন খানৈএ, তমফানা থোঙ থিংনৈএ। ঈশিং খোইরুগুম্বদা কুনএ। য়ুহারাবসু ঐনৈ। উসোইসংদা লৈবসু ঐনে ইমিংদি তিল্লিরেন কৌএ। (36)

সনামহিবু পুয়াদা উৎলিবা শক্তম অসিমক বৌদ্ধ লাইনিংগী লাইরিক্ত সু উৎলি। লাঙ্গ অসিগী মচুদি অঙাংবনি, ময়েক্লা 'ৱ' নি, লৈনা থম্বালনি,

অমরোমদসু মীওইবগী *"VITAL FLUID"* নি— "সনামহিনি" লাই অসিগী মমিংদি অমিটাভ কৌই। বৌদ্ধ লাইনিংগী ধ্যানী বুদ্ধ কৌবা লাই মঙা গী মনুংদা খ্বাইদগী অরিবা লাঈনি, *(38)* রাহোংনা লাই অসিগী শাদোং ওই। *(39)* পুয়াদা সনামহিনা রাহোং মতু চিল্লি। *(40)* কৌদ্ধ লাইনিংদনা লাই অসি নোংচুপ ওল্লি। *(41)* লাই অসি *China* দনা *CHING-TU* অহুগা **Japan** দনা *Judo-Shu* নত্রগা *AMIDA* কৌই। আমিটাভ অসি সম্বোংলোমদা লৈ। পুয়াশিংদা লাইরিংথৌ সনামহিবু শম্বোং নিংথৌ অপানবা হায়নসু কৌনৈ। লাইয়িংথৌ হনপা হায়নসু কৌনৈ। লাইরিংথৌ অসি পীনাইদবা অহুগুম্না বৌদ্ধ লাইনিংদসু পীনাইদে।

পুওম্বম পরিজ্ঞাৎনা 'মৈতৈ' কৌবা রারেংদা অসুমনা ইরি, সনা মহি সনান মহি চেনবগুম ভানবা য়ুমগী থা নোংচুপ ওইবা কাচিন্দ মুমিংকী খুবম শেমই। থক্তা অভিয়া, খাদা পৃথি অসিগী মনুংদা লৈবগুম উবদগী সনা-মহি খুবমদা লুবাক অমা থমনরি, মুমিংকী মরোং অসি কোইরক কোঈব অমা লুবাক মনুংদা হাপতুনা সনা মুক্তি ওইনরি" *(42)* রাফম অসিমক অতোম্বাপু শর্মানা মহাক্কী 'মণিপুর ইতিহাস' তা অচুম্বনি হায়না শোগৎলি। *(43)* বৌদ্ধ লাঈনিংদসু 'আমিটাভ' অসিবু মুমিংনি হায়রি। *(44)* সনামহিগী মুর্ত্তীগী রাফমদা অতোম্বাপুনা হায়রি" বৌদ্ধ যুগকী অকনবা ঈথিলনা মণিপুর য়োরক্রবদা লাঈসিং অহুগী করি করি-গুম্বদা মুর্ত্তী মীগুম্না শাহুনা লাৎনরকঈ।" *(45)* খৃষ্টগী চহি ১৭২৪ তা ব্রাহ্মন্না মণিপুরগী সনামহি লৈমরেলবু মুর্ত্তী ওইনা সেবা তৌবা হৌখি। *(46)*

মথক্তা পিজরিবা রাফমশিং অসিগী মতুংইন্না ঐথোয়না লৌজরি মহুদি মণিপুরিশিংগী অথোইবা লাই সনামহি অসি বৌদ্ধ লাঈনিংগী ধ্যানী বুদ্ধ 'আমিটাভ' নি। মরমসিনা লাইরিংথৌ সনামহি মালেম পুম্বগী লাই ওইরে।

মতেং লৌবা লাইরিকশিং (*References*) :—


34. মাধব, খেলচন্দ্র : খুনুং লিচৎ শাজৎ, লাঃ—৭৪

3⁾. ভোগেশ্বর : সনামহি লাইকন, লাঃ—৩১

36. ভাগ্য : লৈথক লৈখারোল, লাঃ—৩৬

37. " *ibid* " লাঃ—৪৬

08. *Sastri (H P), ed.* : *Advayava vajrasangraha. (ADV) p.41*

39. *ibid* " *p.41*

40. লৈথক লৈখারোল লাঃ— ৪৬

41. *ADV* *p.41*

42. 'য়াকাইরোল' ১বা চহি, ১১শুবা মশীং: লঃ—৪৪৫-৪৬

43. অত্তোম্বাপু শর্ম্ম : মণিপুর ইতিহাস, ১৯৪২ লঃ-১২০

44. *Keith (A.B)* : *Buddhist philosophy in India & Cylon P.221-22.*

45. মণিপুর ইতিহাস, লঃ—৭২৫

46. ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র : চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ—৮৪




# লাইয়িংথৌ পাখংবা

মণিপুরিশিংনা নিংনরিবা লাইশিংগী মনুংদা লাইয়িংথৌ পাখংপা অমনি। লাইয়িংথৌ অসিবু খুরুম্বা মতমদা অসুম্না তেংথাই "হুম হুম হুম উম থোইমোম লাইয়িংথৌ ' ... ... । (47) লাইয়িংথৌ পাখংপাদি "হুম" হায়বা খোন্থোক্কুগী হৌরকই। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি "হুম" হায়বা খোন্থোক অসিদি বৌদ্ধ লাইনিংগী মরুওইবা মন্ত্রনি। বৌদ্ধ লাইনিংগী ধ্যানী বুদ্ধ অমা ওইরিবা লাই "অক্ষোভ্যা" দি 'হুম' হায়বা খোন্থোক্কুগী হৌরকই। (48) মণিপুরি লাইনিংদা পাখংপাগী মচুদি 'হিগোক' মচুনি। (49) বৌদ্ধ লাইনিংগী মতুং ইন্না অক্ষোভ্যাগী মচুদি 'হিগোকনি'। (50) পাখংপাগী মমিংদি "স" হায়বা ময়েক্কা লোইননা খুরুমনৈ। (51) অমরোমদা ধ্যানী বুদ্ধ অক্ষোভ্যাসু ময়েক "স" না মহুৎ শিনহল্লি। (52) অমরোমদা অমুক পুয়াগী মতুং ইন্না লাইয়িংথৌ পাখংপাদা মপা গুরুনা চংশিনখিবগী মতাংদা অসুম্না পল্লি "মপারি লাংলেন রূপীহন্না মালেম মনারোইনা কোরৌ নোংখোং কোইখিরে। মপারি অতোনপদি কোরৌ নোংখোঙ কোয়না মালেম মনালোইবদি কদৌনগবনো ইপন কুরুশিদবগী সনা ফম্বাল্লাংবু ভরেৎলক কোয়না কুরুমখিগে। থোইমোম লাইয়িংথৌ আচিবনা পারি নঙদি ইপনগী ইতিকঅরুববু করমনা শালখঙবনো হায়না উনবী পুক্লিং পীনা হরাউরে। মপারিগী কোজোয় মমিংথোংদি পাখংপা-ও কৌএ। পারি পাখংপা লাউ-ও সনা ইফমলেন অসিদা ফমফমলা-ও। ইমোম য়োয়বু নোংথাঙলৈমা নঙসুং পারিগী শমু নাক্তা শেল্লরো। নপন ঐদি পারি নঙগী পায়মা উনগোইনুংতা হুজ্জিনখিরগে হায়রবগা। (53) চপ মান্নবা রাফমদা মুংপ্রন প্রোমগী লুরাউপা' দা হায়রি 'নপন ঐদি প্যারি নঙকি পায়মা উনকোয়নুংদা হুনচিনখিরকে হায়না মপারিকি পীপুকনুংতা হুনচিনখিরপাতা খোইয়ুম পাখঙপানা মপন সনা মফম লেন্তা ফমফল্লে"। (54) গুরুনা পাখংপাদা হুনচিনখিবা হায়বদি গুরুনা পাখংপা ওই হায়বনি,

গুরু অমদি প্নাখংপা অমত্তনি; মতম অমদি মকমগী মতুং ইম্না তোঙান তোঙান উৎপনি। অতিংকোকক্তা পাখংপাগা অমত্ত ওইবগী ৱাকমদা অ-সুমনা ইরি 'অতিংঙা য়াইপীরেন সিতাপাপু নরি লিতিল্লরকপা লাইনিংথৌ'। (55)

বৌদ্ধ লাইনিংদদি "অক্ষোভ্যা" দি অডি বুদ্ধগী *miniature* মওংনি। অদুগা অক্ষে ভ্যা না **Primordial cosmic element of vijnana (consciousness)** পু মহুৎ শিল্লি (56) 'পাখংপা' হায়বা ৱাহৈ অসিমক খোন্থোক অনিনা শাই; "পা" অদুগা 'খংপা'। পুরাশিংদা গুরবু খওবা মচাহুপাবু 'পাখংপা' কৌই।"পা" দি *Primordial cosmic element* নি, অদুগা 'খংপা' না *Vijnana (consciousness)* নি।

অক্ষোভ্যাবু আডি বুদ্ধনি হায়না লৌই। (57) অতোপপা ক্যাংবু খরন 'অক্ষোভ্যা' অসিদি 'কালচক্রা' বুম্বু খংনৈ। (58) মরম অসিনা ধ্যানি বুদ্ধ অক্ষোভ্য'গা কালচক্রাগা অমত্তনি, আক্ষোভ্যাগা আডি বুদ্ধগা অমত্তনি, কালচক্রাগা অডিবুদ্ধগা অমত্তনি হায়না লৈরবনিনা অতিংকোকা পাখংপাগা অমত্তনি। মণিপুরগী লাঙ্গৈয়িংথৌ পাখংপা গা বৌদ্ধ লাইনিংগী ধ্যানি বুদ্ধ অক্ষোভ্যা অমত্তনি।

মতেং লৌবা লাইরিকশিং (*Refereuces*):—


47. ঈদ্রমনি (নাও): পাখংপা লাইহুই, লং-১

48. **Sastri (H.P.) ed,: Advaya-vajra-Sangrah, (ADV) p, *40-41***

49. টুটেশ্বর: লৈশেমলোন শাকোক ওগুবা লং-১

50. **ADV** **p. 40-41**

51. অমুবী (ই): মৈতৈ থৌনি লিরং লং: -২৫

52. **ADV** **p. 40-41**

53. মাধব, খেলচন্দ্র: খুমুং লিচং শারং লং: ৪

54. খেলচন্দ্র: নোংপাল পোমপী লুরাউপা লং: ৫-৬

55. পাখংপা লাইহুই লং: ১

56. **ADV** **p. 40-41**

57. **Csoma (*ADK*): Notes on The origin of the Kalackra & Adi-buddha *JASB*, 1833. p. *57***

58. **Gidwani: Dictionary of Indology. Vol. 2,**

# শাগৈ শল্লাই

বৌদ্ধ লাইনিংগী মতুং ইন্না আডি বুদ্ধদগী থোকখিবা ধ্যানী বুদ্ধ মণ্ডানি। ধ্যানী বুদ্ধ মণ্ডানা পৃথিবী অসিবু শেমলিবা মগুণ (পোৎচঙ) মণ্ডাবু মহুৎ শিল্লি। মখোয় মণ্ডা অহুদি *dvesa* (*hatred*), *moha* (*delusion*), *raga* (*attachment*), *cintamani* (*thought gem*) *samaya* (*convention*) মণ্ডা অসিনা অপাম্বশিং ফংহনবা অমদি অয়ান খুভম ফংহনবদা মতেং পাংই। মখোয় খুদিংদগী লাইরেম্বা মশীং কয়া-মরুম থোকই। অসুম্না থোকখিবা লাইশিং অসিবু লাইচৎ লাইওন (*emanation*) হায়না পুয়াদা খঙনৈ।

অসিবগী লাইচৎ - সমাতোন, খাকপা, পুলাং, পুরৈরোম্বা রাংত্রেন, সনামহি অসিনচিংবা। কে নচিন তিংথোকপগী লাইচৎ :— কোংলৌরোন অপানবা, পাখংপা, নাউহন অসিনচিংবা। লৈমরেনগী লাইচৎ :- লাইখুরেম্বী নোংথাং লৈমা পুখোকই। লাইরেম্বী ১৮ মসু লৈমরেনগী লাইচৎ য়াওই।

মথক্তা উংগ্রে মহুদি অতিংকোক্না তাওপীরোইনাইগা তিন্নরগা শাগৈ শল্লাই ময়াম মথং মথং পোকথরকই। বৌদ্ধ লাইনিংগী মতুং ইন্না আডি বুদ্ধনা পুথোকপা ধ্যানি বুদ্ধশিং আমিটাভ অমদি অক্ষোভ্যানচিংবা শাগৈ শল্লাইগী পুকোক ওইরি। মতৌ অসুম্ন তৌনা মণিপুরগী পুয়াদসু অসি-বা, কোনচিন তুথোকপানা শাইওন কয়া তৌহনা শাগৈ শল্লাইগী পুকোক ওইরি।

# মণিপুরদা বৌদ্ধ লাইনিংগী মচাকাশিং ঃ

মণিপুরদা বৌদ্ধগী লাইনীং লাকখিবগী আর্কিওলোজীকলগী ওইবা খুদমশিং মখাদা পীরি।

ক) ভুমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমহন লৈব বুদ্ধ (মুঙঙৌগী) ককচীং কৈথেল ময়ায় জিলা, মণিপুরদগী ফংব।

খ) ভুমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমত্থুন লৈবা বুদ্ধ (পীথ্লাইগী) থম্নাম কৈথেল ইম্ফাল মণিপুরদগী ফংব।

গ) ভুমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমত্থুন লৈব বুদ্ধ (ঊগী) ককচীং মায়ায় জিলা মনিপুরদগী ফংব।

ঘ) ভুমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমত্থুন লৈব বুদ্ধ (নুঙঙৌগী) উৎলৌ লাংপোক ময়ায় জিলাদগী ফংব।

ঙ) ভূমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ লৈব বুদ্ধ (নুঙঙৌগী) লাংথবাল, ময়ায় জিলা মণিপুরদগী ফংব।

চ) অঞ্জলি মুদ্রাগী মওংদ লৈব বুদ্ধগী লাইনীং মহৈরোয় অমা (পীথ্লাইগী) এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল মণিপুরদগী ফংব।

ছ) অঞ্জলি মুদ্রাদ ফমত্থুন লৈব বুদ্ধ (নুঙগী) ককচীং, ময়ায় জিলা মণিপুরদগী ফংব।

জ) ভুমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমত্থুন লৈব বুদ্ধ (নুঙগী) তেংনৌপাল জিলা মণিপুরদগী ফংব।

ঝ) ভূমিপর্স মুদ্রাগী মওংদ ফমত্থুন লৈব বুদ্ধ (ঊগী) বামোন লৈকাই, ইম্ফাল মণিপুরদগী ফংব।

ঞ) তান্ত্রিক বৌদ্ধ লাইনিংগী ওইব পোৎচাকশিং : লুপান শাব উপুমচা (কাস্কেত অমসুং লুপান শাব অতোংব মী য়াওদ্রবা শগোল অমা। -- চীংমৈরোং ইম্ফাল জিলা, মণিপুরদগী ফংব অসিনচিংব।

মথক্কী পোৎশকশিং অসি মুতুরা মিউজিয়মগী বুলেটীন নম্বর ২ ইসকলপচর ওফ মণিপুর দা ময়েক শেংনা পল্লি। ফংলিবা ভুমিপর্স মুদ্রা ৭ অসিদি ধ্যানি বুদ্ধ অক্ষোভ্যাগী মুর্ত্তীশিংনি।

কংলা পাফল : মণিপুরিশিংনা বৌদ্ধ লাইনিং লৌখিবনা মখোইগী পুন্সিগী মওং কয় দা মমি তাখি। খুদম ওইনা কংলাগী পাফল অসি পনবা য়াই। পাফল অসি কাখল অনি থোক্না লৈগনি অহানবদা মহুংগী কাখলনা কোমুংনি, অহুগা মপালগী কাখলনা য়ুমশিং লৈগনি। য়াকম অসিগী মরিকচুম্বা য়াহম্বোক বৌদ্ধ লাইনিংগী তান্ত্রিক লাইরিক *Guhya ramajatantra* দা পীরি।

সাহিত্যগী অহানবা তাঙ্কক : ওল্লিভৈদগী লাইনিংশিংগা সাহিত্যগা তংনবা য়াদবা মরি লৈ। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমগী সাহিত্যগী য়াওন অসি মান্নবা য়ুমফমদা লেপপী। মসিগী মরমদি ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লাইনিং লম্বীগী ঈহৌশিংনা অইবা সাহিত্যবু তঙাই-ফদনা শেম্মী। রাকম অসি অওনবা অমদি মরাই ওইবা সাহিত্যদসু অহুমণাম্ময় মরাই ওইবা মতম হায়রগনা চাউরাক্না ১৩ শুবা অমদি ১৮শুবা শতাব্দীনা কোনবা মতমনি। মতৌ অসুম তৌহুনা মণিপুরি সাহিত্যগী ইতিহাসসু লাইনিং লম্বীনা তঙায়ফদনা শেম্মী হায়বা রাকম ঐখোয়গী ফিরেপনি। বৌদ্ধ লাইনিংনা মনিপুরিশিংগী লৈসেমলোন, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী কয়া শাগৈ শল্লাইরোল, শাগৈ পুকোক অমদি কলচর (সংস্কৃতি)গী অপুনবা শক্তম পুথোকই। লাইনিং লম্বীশিংগী রাকমনা মণিপুরগী পুয়াশিংগী অয়ামবা হীরমনি। লাইনিং লম্বীগী লাঈরিকশিং অসিনা মণিপুরি সাহিত্যগী অহানবা য়ুমফম ওইরি। মসিনা মরম ওইহুনা অতোপপা ভারতকী সাহিত্যশিংবু লাইনিং লম্বীশিংনা শেমগৎলকপগুম্না মণিপুরদসু মণিপুরি সাহিত্যবু অহানবা ওঈনা শেমগৎলকখি। অমরোমদা হায়রগা বৌদ্ধ লাঈনিংগী ঈখিলনা অওনবা মতমদা মণিপুরদা লাকখিবনা মণিপুরি সাহিত্যগী অহানবা তাঙ্কক পুথোকপগী তঙায়ফদবা মচাক অমনি। তাঙ্কক অসিবু মনিপুরি সাহিত্যগী ইতিহাসতা তরাঈনা লৌফম থোক্কে। বৌদ্ধ লাইনিংনা মনিপুরদা য়ৌরক্লমরবদি অঈবা সাহিত্য চাউখৎলকপগী মতম থেংথরমগনি। আডিবুদ্ধ (অতিংকোককী)য়ুম্ফমদা মণিপুরি সাহিত্যগী অহানবা তাঙ্কক অসি খৃষ্টগী ১০শুবা শতাবদিগী মমাংহুদি শুকওঈ ওঈফম থোক্কে।

রারোঈশিং :—মণিপুরদা বৌদ্ধ লাইনিং চংশিল্লকপদগী মণিপুরিশিংগী পুন্সিদা অচৌবা অওনবশিং পুরকখি। অপুনবা মমা মপাদগী অপিক অপিকপা শাগৈ সল্লাই থায়দোকঈ অপিকপা ফুরুপশিং *(tribes)* অমুক পুনশিন হন্দুনা বৌদ্ধ লাইনিং অসিবু অপুনবা জাতিগী লাইনিং ওইখি। অপুনবা জাতি অসিগী অপুনবা লোল অমা থোকহনখী। মসিগা ঈরোয়মনা জাতি অসিগী ইতিহাস চাউখৎলকপগী অথোইবা ইথিল অমু লাঈনিং অসিনা পীখি। হৌজিক ফাওবা লাইনিং অসিবু মণিপুরিশিংনা থাদোকবত্রি। মথকী মরম খিবীক অসিনা বৈষ্ণব লইনীংনা মণিপুরদা লাকত্রিভৈদা বৌদ্ধ লাইনিংনা কলচর (সংস্কৃতি)গী অচৌবা য়ুমফম ওইখি।